


ভাল উবা

হুমিৎ

ইঙ্গেন কুম্ভবেৎনিপানবা

ইরাই

( ২০ জুলাই ১৯৭৯ )



নম্বা—দি মণিপুর প্রিন্টর্স এণ্ড মেনুফেকচরর্স, ইম্ফাল ( মণিপুর )

ফোঙবা—থোৰ্জে মশা।    মশীং—৫০০ ( চামঙা )।

থুংনম অনীশুবা—১৯৯০ ইং।

নম্বা—আর বি প্রিন্টিং হাউস্, ইম্ফাল—৭৯৫০০১ ( মণিপুর )।

ফোঙবা—থোৰ্জে মশা।    কোপী মশীং—৫০০ ( চামঙা )।

মমল—লু: ২০.০০ ( লুপা কুন )।



ফংভম

এ, মীনকেতনসিংহ

উরিপোক, পকায়মনীং,

ইম্ফাল—৭৯৫০০১ ( মণিপুর )।



শ্রীমীনকেতন সিংহ

# উৎসর্গ পত্রিকা

প্রেমগী

ধর্ম্মগী

সম্বন্ধগী

ঔরসগী

ইচা ইশৃশিং থিবিম্নক্কী

মথূং থূবাংদা

আশীর্ব্বাদগা কোম্না

হাপ্নবনি

ওসি

ঐগী

বিদায় আশীর্ব্বাদ—

সর্ব্বমঙ্গলম্

সর্ব্বকুশলম্

থোইবি

# ৱাফম অমত্তং

অশ্বিনীসিংহ ঐগী ছাত্রনি। ঐনা মাবু ইচানি হায়না খণ্ডি। মহাক্লসু ঐবু মপানি হায়না অদুম মখণ্ডি। শ্রীইগী কুমজা ১৯৭৪ দা জৱাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর অব পোষ্ট গ্রেজুয়েট ইডিজ-দগী মণিপুরীদা এম, এ ডিগ্রী লৌরগা মরৈবাক কাছাড়দা হনখি-বনি। লৈফম তামগ্রবসু ইপা ইচাগী প্রেমদি থক তন্তে। চিঠিপত্র ভোয়না অদুম চৎলৈ। ঐনা মতোন্দা পত্র ইবা মতমদা ইচানিনা "সর্বমঙ্গলম্ সর্বকুশলম্" হায়না শুভেচ্ছানা হেক হেক লোইশিন্নি। মরুক অমা মতোন্দা ঐগী পত্র থবা লৎখি। মহাক্না মাগী পত্র অমদা "পাবুংগী সর্বমঙ্গলম্ সর্বকুশলম্" ফংদবা কুইরে—খোৱাংলে" ইরকখি। মতাক্তা পত্রগী মরোলসি ঐগী থম্মোয়দা করিনো অমা ওইনা থোকখি। ৱাথল ঊরোঙ ভরা ফাংনা পোকখি—চেনখি। পোকখি তুংইন

ঐগী

ৎসিগী

বিদায় আশীর্ব্বাদ।

খোইদে

# সূচীপত্র

# বিদায় আশীর্ব্বাদ

## মুখবন্ধ

লুংশিরোয়শা,

ইপা শ্রীষ্টগী কুমজা ১৯০৬ কী মেগী তাং ২ দা পোকপনি। ঙসিদি চহী ৭৪ হায়রক্লে। লৈশাং লোইরবা লৈনি, হৈমূন ফাররবা হৈনি—কেনগদবদ ভায়ররবা। ঐথোয় মীওইবনা তশ্না প্রেদবনা থঙদে কৈদৌঙৈ কেনগদৌরিবা, করম লোইগদৌরিবা।

চৎলমদাইদা, লুশিরোয় নথোয থ্বায় পূমমক্তা উরগনি, শোয়রোই, হায়বা লৈতে। অয়াম্বদা উরদবনা নম্মি। নীঁঙমদনা চৎনথিবা, নীঁঙমদনা লৈহৌনবা ঙাক্ত থোকপা উই। লৈরিবৈঙ, পূক্নীংনা তাক্নীং-বা থরা অতুম মতাকহৌবা, থম্মোয়না তম্নীংবা মপাউ থরা অতুম মতঙ্কৌবা—অসিনতুম ফবরা থল্লুই। অতুনোং ইকুবনি ইপানা ইপাগী "বিদায় আশীর্ব্বাদ"।

## বিদায়

ইবদি চহী অনীরোম হায়রক্লে। ১৯৭৭ তা ইবনি, কুমসিগী সেপ্তেম্বর তাং ১২ দা লোইরবনি। লোইবগা ফোঙদবদা নথোয় ছুংশিরোয়শিংদম্ব ইপাদম্ব কবিগুম্বা মুক্তাইতেব: অমা ওইনা থোক-দরা থল্লবদগী য়ৈথংলুবনি। ফোঙলমত্রগনা অয়োইবা পুংতমদা য়ায়া নীঁতমদবা অমা ওইনা থোক্লরবদি কিরুবনা ঙসিদি ফোঙলবসিনি।

লোয়ো হৌজিক্তি, হাপ্লবনি নথোয় ছুংশিরোয় থিবিম্লক্তী নথুত্তা ইপানা ইপাগী "বিদায় আশীর্ব্বাদ"—দাদা তায়বা থম্মোয়গী থুপ্লম্বা প্রেম অমম্বুং মপাউ।

# প্রথম পত্রিকা

পুনশি কোরৌ তম্নে য়াচঙ হন্নে চৌংগী মন্নোল,
পোন্বি থব্রায় য়েংলে হনং তাঙ্খোব্রবা মকোল।
খোয়জংদয়ে হরাউ তয়াম তাইবংকোনগী অমুক.
খাঙলে বানা পাইনীংবনা শাগন তুফাং তন মূক।

লিম্ন লিনি চুংশিরোয়শা নুম্বিথদি থোইনা—
ওন্নে ফিজু চরৈ ফিজোল লমশাং লাকউে থীনা।
তংম্ন তংলে মতং মতং শিংনা সারে লোইনা
তিন্নুথিলি তাইবং তম্নাম কন্নি হায়নি মীনা!

শীঁ তেল লৈরাং মতম্নিদো লৈশাং লোই লৈথোক লোম্ন
অচুক ময়াঙবা লৈকা তরোই তরোই তরোই।
হৈমুন লোইবা তাউজিংহৈনি কেঙকুদ তন পাক
অচুম ময়াঙবা উকা কেম্নিং কেম্নিং ওহাক।

## বিদায়

লৈরাং য়েংই মিহৌদরে শিরে লোইনা লৈনম,
হৈরাং গ্নেংলুই মিতাদরে চম্রে লোইনা হৈনম।
চোক্লে মউ শমু হকচাং মুল্লে লোইনা পুম্মুল,
থল্লে সিদ অমুক্তংদ তাল্লবদি তুমখুল !

নীংসিংলক্লে পদেম তোয়না থোরাংলক্লে চেংলো,
ফরগত্রা চখিবনা থল্লে বিদায় তন লো।
তাল্‌রগে তুমখুল পলেমফেরাথক্কা,
উম্না উম্না ইমাই থোম্নাং ইনীং তম্না য়াদা।

# দ্বিতীয় পত্রিকা

শোযরবনি থডি ঐসে ইমাই পাথোন লাকপা
চনখি নাইমীং অব্রানংগী হৈভবনা হাবা ।
খুক্রে তবু খশ্মোয় অচুক শোযারে শোয়না অচুম,
চুংশিচাউরী পলেম মানি লৈতোই পূক্লীং অচুম ।

শাউরমগনি থডি উঁউ তৌরম্নরোই ভরাম,
"পাইকথো চো" চৈরমগনি "উরাং খুদিং তন লাম"
লৎনরম্নি কৈরা ভরাক যেংনা ঐবু লুরাক,
চিংথুগনি ফৈরাথকা চুদই শাগন তাপ লাক ।

মাক থোম্রাং উথৌনি লাং "করি থক্লীংলি থোম"
চৈনি "হাযবইন্দ মচা পীথক্লোই কৈসু থোম" ।
"থভনি তৌগে নভ ভসিদি" চৌংগনি মথুবাং,
"লামদ লাম্নকউ থোম্লোমদা য়ৈথেকে নথুবাং" ।

অসুম অসুম নওথয়ক খোম খোয়াং তন খোক্কোয়ক,
অসুম অসুম নেমথয়ক শাউ থখোয় তন ঊওয়ক,
পীদি পীথকনি অসুম লেখোই চৈবদি থক
"চায়বনি নও ফনা চৈ নৈতে থওবা কৌ' থক" ।

কিক য়েংবা পলেম চেংলৌ মিং উইকুম উইকুম থক,
পেয়ক পুন্না তুমথুন তান্নিং মিংনা চিংউৈ থক থক,
কাউথয়নি চৈবা ইমা—শক্কনি নাউতম
পান্নি নওবু অপওবও তাল্লো তুমথুন হা হম" ।

অহিংনোংশোয় কোন্নি চেৎনা "চৈবিথয়ে ইচা"
শৎলোই খোয়জিল "থকৃচসমু ইচাই মবুক পা" ।
ঊওন খুদিং মথখোয়গী হাইনি তন মায়না মায়,
ফুনি পোপ পোপ খুবাংনি উম "পান্নি নওবু ইমাই" ।

তান্নি তুমথুন তুমথুন তানা পলেম কৈয়াথক্কা,
লাংলোই মৈশা মৈয়োলহমগী মওলোই মওলায়ত্ত ।
তানি পলেমনাউতমথোন্দ ফুংশিশৈয়েং হা হম,
তান্নি সুম তুমথুন নোংপোইফাও খোল্লাং উয়া উম ।

# তৃতীয় পত্রিকা

ইচুংনা শোয়রৈ উগনি ইমাই মোমোন্নায়থোং
পীথক্কনি নৌহৌ শোম্লাং শমু থাদা তন থোং।
হোংবিগনি তন চরৈফি—অশৈবগী ফিজোল,
পামজৈ ঐনা খঙ ইমানা তম্না সা তম্না খোল।

"য়াথোক্লরো" য়াথংবীনি তাইবংদা তয়াংকোল"
"শকচক্কয়ো ননীং থুংনা শকচনীংবা শৈরোল"।
"অমম অঙাল খোঙফম্নীদা কাউহ্ন নমা ঐ নৈ",
"শক্লনি য়াইফবদ মুত্থোয়জিনাপনৈ"।

যেংকী থূবাংহনা থক্কো "কিহ্নকো ইমা নৈ",
'মুক্ষনা থাদ' "কুবিনি অপাম পূম্বা তন থৈ"
পীনি বিদায় হুংশিমোমোন "হন্নো পাম্নি খোঙদোই",
"কাউদ কাউহ্ন নমা ঐ নৈ বাম্নোই কম্নি নংলোই"।

ইমাগী য়াথং লুদা থোং অশৈবই ফিজোল হোং
য়াথোরক্লি মূক তাইবংকোল চৈজিং পেমা খূৎ থোং।
নিজরক্লল "শৈদম্বিউ ইমা শৈরোল শুনা"
"লে'য়িন থম্মিন য়াকৈ" চঙনি ইমাই থোগল লোইনা।

পেনালুরেম্ন' থাদা থোং চৈজিংনা য়েৎনা চিং,
ওয়না হাপ্পি'বা খূৎথোল হাপ তুংইন শরিক তন খিং,
থোইল্লে হানা খোম্থাংনি পাল শক্তি লোইনা শৈরোল
কোরৌ চুম্না পুনশি থোঙফম পাংলম্মি'থৈ তন সোল।

# চতুর্থ পত্রিকা

সিদি সিনি তুংশিরোয়না অৱাবদি অমা—
লৈরমখিনি য়াথোক্লকঙৈ নথোয় কয়া অমা।
থঙলোই 'হুবু চেংলৌ ইশক ফিজোল হোংলক ঐনা,
থঙলোই ঐমু নথোই নশক থৈথি লাংঙোম্মনা।

খেংনরসি খোঙতম চাক করি নোংদা অমুম
হেংননিদো কনানোনে তিঙক তিঙকে অহুম।
তুংশিল্লেদ করিনোনে তঙক উমবি তন্ হৌ
মঙনিদো মঙলান অহুম—মক্কোঙনরোই কদৌ।

য়াকুম মাঙজোনখিরবা তুংশিচেংলৌ ময়াম,
মউমরো য়াথোক্লকঙৈ খোঙক্ষেম চাক কয়াম,
সিপী সি মঙায়গনিদো—তুংশি তুংশি অহুম
চৎননিদো শমজি তন থাই—তাম্মনিদো অহুম।

## বিদায়

কিক্ক করি হায়খিগবা তাইবং লোঞ্চৎ তন য়েং
পাউদম্নরোই থম্মোয় মপাউ উনবি খোয় চেংনা চেং।
চুংশিঙ্গরোক ঙাওঙ্গবা থম্মোয় থম্মোয়চংদা
লেপাথিনিদো মদোম মদোম তুমিন অহুম চুংদা।

ঙাশি 'হুবু নমি ইমি থম্মোয় থম্মোয়চংদা
উনি অকাউফিজং তন কাও করি করি নোংদঃ।
বাথৈনিদো চংশিপুম্ব' মিংকী পিরিক্কনা,
নত্রে চিক্না চুংদা হোনবা সোরগী নাপোম্মনা।

তিম্ন্ নোংদম খোঙদিমরো নৌংগৌ চংশি মশেল
লাংলোম্মগী মমথরবা পরেংমদ তন খেল
খোক্লিবনি সিম্ন সিদা কোঙ্গায় কোঙ্গায় অহুম,
চৎননিদো 'হুবু সেবা ময়া ময়া অহুম।

কম্নি ঙসি চুক্তামনা তালোয়নিদ তন সা
শেগা ঐগী মিকাজনা নাক্কা য়েৎকা তন পা
চেনথরনি মংদগীদি তুথাই তম্না অহুম—
কল্লথিত্রা হয়েংমুক্ক্ ঙসিদৌনা অম্নম!

মুররিবা ভসি ত্বাক "ফন্নি ঐনা তন শীং"
তাঃনোয় মাগী ফুংশিখুদোল পারিঃমোম কৌবশিং
চেররুনি মংদগীদি ঈথাই ঈগাই অত্রম—
তারশিদা হয়েংমুরু ভসিদোনা অত্রম।

অব্রাবনি অমর্ণি মালং মাই মালংচং
অব্রাব'নি অমথনি মৗগী পুনশি পোভচং।
লাংও মৈশ কানবগী মংফম মংফম খুদিং,
কারদো মৈচাক অত্রম অন্তম পুনশি লমতুপ খুদিং।

পেন্নি ভসি পাঃছো তন সা ফুংশি নাঃণায মযাম,
তংপ নৈত ঈঠাথরি ফুংশিঈরোক কয়াগ।
ঈছল খুদিং শক্তি ভসি ফুংশিঃশক কয়া
ফুংশিনাম নৈয়েনা মৈয়েনা অবানং শকক য়া।

খুপথর্নি ত্বরু ঈরোক কন্নগঙ্গা মতম
ঈঃণান থোক্ক থাঃম্মোযফংদা ঈওল ঈছল 'তুগ তম।
চেরুরবোও ঈরাউঃথাঃপোয় ভসিদোনা অমুক,
তাম্রনি ঈওল ঈছল মতম মানা তন বুক।

বিদায়

তাম্রনিদো তুমিন পেনা থুপথি স্নংদা মখোল,
থীংলরোইদো শবিক খিবিক শিথি লোইনা মখোল
চিংশ্ররোইদো চৈজিং কদৌ চৈথোক চৈদোন তন থাই
থৎশ্ররোইদো শমূ থূদোল খোমৈ খোম্বাং তন থায় ।

পিনা স্নংশি বাথৈনরম মংকম মংফম বৃদি·
স্নংশিকায়নমৈ স্নংদা: পু খোঙফম খোঙফম থৃদিং
খোঙফমনিদো খোঙফম্নবা মীওইবগী পুন্শি
স্নমিথানা পাল্লিমথৈ মদোম লীক্লম্বা শি ।

# পঞ্চম পত্রিকা

কোয়ৌনা লাংলিংদৈ ডচাক নোংচুপ চৌংগী নঙ্গোল
থবাম্না থ'ঙ্গিদৈ মৈরা ইমাগী মশাইগোল,
শকম্নগে হংশিরোয়শা যাচঙ্গাযনশৈরোই,
ভাগ্গনি পেংগসে তুমিন লাকখি নোংজা পুঙ্গোয়।

শকল্লজো সাইকবদ কবি য়েংদ কদৌ
হংশিঙ্গিরোক থঙ্গোয়ঙংগী ঙৌওল খুদিং ঙৈহৌ
হাংদোরকপা হংশিঙ্গখোল সর্ব্বমঙ্গলম্
বাকঙ্কো তাররোই মুক সর্ব্বকুশলম্!

যুগ যুগ হুদিংমক্কা পলেম চাম শায়োনবি
বংলৈ পোড়জীল য়ৈনা য়ৈনা পারিমোম কোম্নাংবি
শঙজো মম্না হংশিরোহশা কৈদো জগৎপোকপী—
শেনবি লুনা ঐংোয় শিবিষ্মকপু থোক্তালহৈবী।

## ঝিদায়

পীনৈ পাংগন মচাশিংদা কৌনৈ হাকনচাউবী,
কুবি লোইনা অপাম থিবিক শৈক্লে পীনহৈবী,
থঙজো লৈদো পলেম মহাক হাকন বনি খোঙফম,
কুবিগনি অপাম লোইনা পীনগনি চঙতম।

লৈদো মাদি নঙ্গী ফুংদা থুপ্রি নঙ্গী নকম,
কৌদ কৌ থুমগনি হেক্ক লেপ্লি মাচদা খোদকম।
মমা ওইবী থখোয় মাদি মচাদই লৈবনি
ভাদ ভাবদা মচাই খোল হেক্ক জীওনবা।

# ষষ্ঠ পত্রিকা

মালংপুংসে শান্নপুংনি তয়াম্পাম্মী ইগাই,
য়াংপনিদো কাকপ অনী ময়াইনিদ তুনগায় ।
য়াইফকোন্নি কাক্পনা কোংবনি স্বরগ
অনংকোম্নি অমুক্সনা খোনবনি নরক ।

অনংকোন্দা শান্নে লীলা অরা মথল স্ননা,
কুম্মি লীলা খোঙফম শোম্নখি য়াইথীখিবশিংনা ।
বানা হৌবা বানা চংপা বানা লোইবা তয়াম
উৎনৈন মানা মানা হৈবা পিরোম্মনবা কয়াম ।

উন্নবম্ন নত্তে সিদা কম্নি কম্নি নোংদা
য়াইফবনা পোলোইনবা অরানীলা মতা ।
নোংদম থীথি খোঙফম শোন্নক কূম্মো অনংকোন্দা,
নৈতে কম্নি কম্নিঙংদা কারোই য়াইফকোন্দা ।

বিদায়

য়াইফকোন্দ্ শাটৈন্নে লীলা য়াইফ মথেল স্না,
কুম্মি মানা মানা হৈবা য়াইফকুবশিংনা ।
য়াইফনা হৌ য়াইফনা চৎ য়াইফপোলোগনবা
উৎলি কয়া শুংঙাইরবা অরানংমক মুনবা ।

উত্তবম নত্তে সিদা করি করি নোংদা
অরাবনা পোলোইনব য়াইফলীলা মতা ।
য়াইফক্লরে লৈত্তে কুম্লোই কনা অনংকোন্দা,
লম্ম ক্লণি খোঙকম অমা নোংমা কৌবা নোংদা ।

মালেম্দো ঈথক্লবা মুমা পরেং পরেং ।
তারি 'হুবু য়াইথীবশিং লৈদা পরেং পরেং ।
য়ারি মকা মুমথোঙ খুদিং শা যণ ঙিনিক্লদি
লৈত্তে 'হুবু কোক্ক পন্তগ কৈদা মথোয়গীদি ।

কল্লি লঙ্গী মচি মচি তারি লৈদা পদাক
ওল্লি তানগে তুমখুন ফৎ-ফৎ--ফংদে তুম কৌদো পাক ।
অওল খুদিং অন্তম শালীন খুবাং মায়শৌলরি,
তৈরি চারি নপ্রি উৎফুল--লৈপুং শক্তমরি ।

শোযবে ইচুং লাম্লে মবুক থম্নৈ কদোম পাংব,
থঙৈন লোইনা লৃথাক পৈশুম—চৎনৈ মবুক থিবা।
তক্তে হাটৈ হুইগা খোংগ্রেং চানৈ অঙম অঙম,
হুইগী চুথাক য়েনগী চিথাক থুম্নৈ অকং অকং।

পকই লায়থুং কনাম্বনা ওয ঈ অমুক্লনা—
তিক্সিংনবি থাশিংনাং থৈরি অউবনা।
লম্বৌঙাকপশিংনা চৈরি হাল্লি লাউনা খোংনা,
লম্বীদম্বাও ফংদে নৈতা—লেম্নৈ ইথুক থুক্রা।

লীলামনি লীলা অমা অরানীলা অমা,
অনংকোন্দা শাম্নবিবা তম্ববা মথল্মা।
কুম্লিশি সে তাওবং মীনি—ঐখোয় অমত্তনি,
খোঙফম শোয়থি মনতুপ্‌মদা য়াহথীখিবশিংনি।

সনা নৈবাক কযানিদো মালেম নৈকোযসিদং—
হেল্লি শঙ্গায় নোংদোল খেৎপা নৈযোল নৈযোলশিংদা,
পাল্লি য়াইফরুবশিংনা পুনশি মরাং কায়না
বাক্ত পাদ হেদো কানা কেনা নৌনা ঈংনা।

## আশীর্ব্বাদ

য়াচ্চবনি ঐথোয় মীনা ইশা ইশাই লাইবক,
শীঙ্গবনি অৱাঙ্গ-ভাই—নোংদম নত্তে লাইবক।
মনৌং চত্তে করিগুংদা নোংমগ কৌবা লাইদো,
মো মীই শাজং-ঙংজং য়েং সেম্লিবদনিদো।

ইচুপ চান্দনা মালেমগী পোক্কুম ঈরোক ঈতিল।
কম্ম চান্দনা মী মীগী সেম্মি লাইবক ঈতিল।
ঈংহৌফম্বা ঈরোক মাগী লেপকুম ইচু ঈহাউ
মীই দেশ শুণনা লাইবক মাই লেঙ্খি মচু মহাউ

# সপ্তম পত্রিকা

নুবনিকো মালংকোন্সে হাগন্থকো থোঙফম
শোয়নিংঙাই ঙাক্লি শোয়নিংঙাই থোঙভম খুদিং খুভম,
থেংননিদো শোগী শো ঙাক থোঙথাং থোঙথাং খুদিং
কংননিদো লাংগী লাং ঙাক লমতুপ খুদিং ।

ভৎপ নৈত থোংবনিকো মালং মানা কাশী,
চেনবনিকো লাংদা হেক্ক ঐথোয় তাইবংশজি ।
ঙৈথোলাংবা তাইবংশজি থেম্বনিকে তম্বাই ।
মালং মাগী মঙাম্বরং ঙৈহৌম্বিবা কোঙ্গায় ।

তম্নি নৈশাং পম্বেং পম্বেং মালংনৈকোন্সিদা
পাকাউ মাকাউ নৈবাং ঙাক্ক চোইউ তম্বা মিত্তা ।
তম্নি হৈবাং তেকথ তেকথ মালংহৈকোন্সিদা
লুংগাউ তাউজিং পম্বেং পম্বেং মমউ তম্ব মিত্তা ।

## আশীর্ব্বাদ

চোইদনিঙাই লৈতবনি উকবদা মিৎফম,
মমদনিঙাই লৈতবনি চিন্নবদা খোঙফম।
হৈরাংনিদো উকবদ তন হেক্ক মিতাবা,
তংদ খিস্তং তংলুবদ তন হেক্ক মঙাওবা।

নোংজু থাশি নোংজা মতম নোংনা শূক তুমবা,
নিংথম থাশি অহিং মতম লৈচিল্লা ফিজঙ থল্লবা
জগৎনিদো মমথমবা মমা তকথমবা
কুপথি অমম মরোম্নীনা মাযা মোহ কৌবা।

শেল্লি থক্কা জগৎপোকপা তিম্না শক্কম তন লৌ
কোল্লি থাদা জগৎপোকপী মালেম শকক্কম তন লৌ—
খোঙথাং থূদিং য়েংউ হনগৎ শোয়রোই কদৌ থূভম,
শিদমৈরা পলেম মানি লম্‌ক্রোই খোঙফম।

চেন্নি মপাউ অথঙ অউ যুগ যুগ থূদিং
কৃষ্ণ প্রসাদ বিন্দ বিবেক হৈমাগী ভক্তশিং।
শক্তি মগুণ রবি বঙ্কিম সাধক মুকুন্দদাস,
লৌউ থুনাম ভক্তশিংগী মাঙনি তন মাযাপাশ।

# অষ্টম পত্রিকা

ইদোম লাকপা ইদোম হনবা ঐথোয় তাইবংনিদো,
নত্তে 'হুবু ইদোমগীদ ঐসে থঙনিদো।
কাউফদেদো পায়োল পুয়োন তুংগী চায়োন শূয়োল,
থাংগনিদো য়েংনা থোঙফম মখোয় থিবিক তন থোল।

কাগনিদো পায়োল পুয়োল ঐথোই থোঙফম্মনা,
কূমগনিদো মখোয় থিবিক তম্মা অমুক্ষনা।
ঙাল্লগনি চায়োল শূয়োল ইশেক ইঙান তন তাং।
মক্লগনি মখোয় লোইনা ফত্ত' ইনম তন লাং।

চৎলিবনি লানফম অমা অতৎ অথম নৈত
অমম অঙাল অনৌগীনি তাইবং লানফমসিদা।
লেঙ্গু মায়টৈ অঙানবগী হানৌ থোংরোং অমম,
য়েংউ মালেম নৈত্তানবা উৎলূ নশাই নঙম।

## আশীর্ব্বাদ

মায়থীরম্ব হম্‌গম্ব ব্রাকগম্ব কদৌ
দানবনা মপান ফরে ভুগোইদেদো কদৌ ।
নো'না কুপথি মঙ্গো ষ্ণমিৎ নোংমা ফাদোক্তনি,
শানা ফংলো থাজ মাবু পৃংগোয় থরদনি ।

চুপথি মযোল মতম মানা ছথি ছংগী ফুরোল
নোংমা নোংমই মথং মথং অঙ্গম মরোল মরোল
ঙাইজবগুম তলা মানা বানা মশাই মতম
ঙাইরৈ নোংমা মীওইবম বানা অচুম মতম ।

যেংলগনি মতমন্তদা নীংহল পুনশি খোঙফম
মাবগনি লমতুপ থৃদিং হন্না হন্না মফম,
তাঙজশাজংনশিবনা কন্নি কন্নম কৈদা,
তুবিশাহন্নথিবনা কন্নি কদৌঙ্গংদা ।

থাবগনি তন নীগী থল য়েংলগনি তাহেল,
তাঙ্গো তাঙজশাজং মানা তুবিগীনা তন হেল
লেম্নি লৈতা পোলোহ খোঙভম—চৎকনিদো জৈংনা,
লুম্নি পুক্লীং লাংলোন মাগী লাকদবা তম্না ।

# নবম পত্রিকা

সেবানিদো পুনশি অসে সেবানিদো থোগাই,
পুনশি মাগী সনা লমজৈ সেবানিদো ওনঙাই ।
ওঙি 'হুনা সেবাদনা পুনশি মাগী তেন শাং,
লেপ্পি 'হুনা ভরাই হেক্ত পুনশি মাগী নেম হাং ।

য়েংউ পুরাণ ইতিহাস—উনি পুনশি কয়া,
শঙ্কর বিবেক ঈশা গৌর—উথি কোয়ৌ কয়া !
উথিদেদো কোয়ৌ নিঙ্গু—শক্তি হুবু মগুণ
ঈরাউথোক্লোয় মতম মানা টওল খুদিং ঈহুল ।

তিঙি লাইরুপ পুনশিশিংসে কোয়ৌ মাবু তন থোই,
থোইরে থোইনা মতম মানা পুখি মাবু তন হোই ।
উরবদা সেবা উরোং নোঙ্গৈ কোয়ৌ তন কোক,
মতম মাস্থ অহুমডায় নোঙ্গৈ হেক্ত মকোক ।

কৎলি পূজা বাপুজীগী জগৎ পূম্বা ওসি,
থাজনরোহ তুংনা মীনি শক্তি মগুণ ওসি।
কোরৌ নিফু অনীদনি বাপুজীগী পুনশি,
থম্‌গবা হায়রুগবা কবি কময় ওসি!

কাউফদেদো কদোম্নংদা ঐথোয় মীওইবনা
হিংলিমথৈ তাইবংপানগী মীথিৎ অম ওইনা
সেবাগীদ মকম্রিদো মালেম লৈকোয়পূংসে
সেবাগীদ লাকপনিদো ঐথোয় মীওইবসে।

প্রেমগী মশক্রিদো সেবা—চৎনু সেবাধর্ম,
প্রেমগী সাধন্নিদো সেবা কাউহ্ন সেবাধর্ম।
প্রেম্না লিংবা জগৎনিদো পুবনিদো প্রেম্না,
পুনবনিদো প্রেম্না তেংবান হিংবনিদো প্রেম্না।

লৈদো মীপুম থৃদিংমক্কী জগৎনি অময়ম
কোয়ৌথক্কা ঙাংম্বাইরিবা অঙাল মাগী মতম।
ফুদোকপগুম অঙাল মানা চাউনা মশেক মঙাল
য়েংগনিদো ফুদোক্কবা থম্মোয় মাগী মঙাল।

# দশম পত্রিকা

হেন্দে কোরৌ "ঙাক্লৈ ঐদি" মদোম কোরৌহংদা
শেল্লি লোইনা মশাই জগৎ চিথকদে সমস্ত
শেল্লু লোইনা নশাই জগৎ ইমা ইপা অনী
ইচিন ইনাও ইচেম ইচল ঈবৌ ইতা ঈহৌ।

হুংশিন্নুকো পোক্লমদম নীংউ ইমামক্লি,
ইমামক্লি ইশামক্লি থঙু অরেম্বনি।
কৎলু ভক্তি পলেমকাদা থবায় হকচাং তুনা
যেংউ লম্বী শিংননয়া ইমাই লম্মল ভম!

পান্দ্রবা শমু হকচাং পলেম মাই লৈরৌক্লি,
হুংশিন্নবা য়াইবি থবায় পলেম মাই হুংশিংনি।
ঈবৌক্লিদো পলেম মাগী হুংদা চেনবা ঈনা,
মাগী মহৈ মরোংনিদো পুন্নবা পাংগমা।

## আশীর্ব্বাদ

থাবুম তরা নাউ ৱানা পুথোক্লাং ইন পাংগন পী
খুজেং পাক্লোই হৈনা ছন শম তাওবং থোঙথাং তম্বি
''য়াইফবদ শকক্ষক্লো" হিয়ী তন কোক্তিবী
মপান্নোনি থঙ্ ইমা প্রেমগী মশক ওইবী।

কৈদা থোয়বা কৈদা তাবা কুপ্প কুপ্পা ছন রেং
মীথোইদবে মীমায়জো লৈখিবিক লোইনা জেং
চাবা মচিৎ তুবা মচেৎ য়াইফদা য়ানবিবা
তাল্ থঙবা পম্বো মশক প্রেমগী মশক ওইবা।

স্বর্গ কোম্ব পম্বো মানি ধর্ম্ম কোম্ব মানি
শঙ্খধ্বনি ঋষিশিংনা তপঃ কোম্ব মানি,
পেনবিরবা পম্বো মানা পেনবি লোইনা লাইয়াম।
থুম্বিব'ন বাকমসিদা সুর' তত্ব কয়াম।

থঙ্, মশক ইচিল ইনাও ইচেম ইচল খিবিক
চৎলু য়েংন ঊৱী ইত; ঐগী কোবা খিবিক।
য়াম্ল্ লঙী তাদনবা মথোয় খিবিক মীয়েম
চানি নঙী হুংশি মঙল নৱম তুনা মাঙেম!'

কোনশিল্লকো নরোয় ননাও তিন্নরুবা খিরিক।
শরুক তন্না য়াগিন্নবা অবা চংভাই খিবিক।
মুংশিয়ুকো, নস্তে ত্নদ, মথোয় পুম্বা লোইনা
নোংমা কৌ নোং নগুগী কাপা তেংবাংখিবা তন্না।

লুনা নীংউ ওজা গুরু কংলু ভক্তি শেংনা
পুম্পিচুপ্পা তোল্লবনি মথোই লম্মন চাউনা।
লম্বী তাকপা লোশিং হাপ্পা খঁঙু ওজা মানি,
মৈরা পায় লমজিংবিবনা কাউরু গুরু মানি।

চেন্দে তুরেল চঙ্গৎনা থক চেম্বনা থংই—
প্রেমগী ঈচেল থম্মোয়চংগী মাম্ অচম তোই!
নাপ্পু ধর্ম্মই পল—ঈমৌনি, পীম্ লোইনা ঈথাই,
সিদম্ আদম্ শান্তি ফংগনিদো তরাই।

সাধন্নিদো প্রেমগী থঙ্ অচৌবনি অমা,
কচ্চবনি প্রেমগী পূজা বিশ্ব প্রমদা অমা,
লমতুপ নাহরুবদনি ত্নক—কোল্লিবনি মালেম,
ঈতুপ নাইনা সমুদ্রনা কোন্দবরা মালেম!

প্রেম্না হৌবা ঐদৈনিদো, চেনবনিদো ঐদা,
ঐগী লমথৈগী থুংনা চেনবা তাডই প্রেম জগত্তা।
চেলহল্ ঈরায়না লমথৈং—ফনি ইপাল তন প্রেম।
ঈরাউখোল্লোয় ঈনেঙখি যৌনি তন বিশ্বপ্রেম।

লমথৈ নাংনা চেনবা ভাক্তি ভুরেল থিবিক লোইনা—
ইপাল পীক্লে ভুদা খোংদা থম্মি অত্তম তম্না।
তরেনবুংদা জগোইরিবা লাইজ থিবিক তন হৌ
মাথেম পোগল জগোই য়াওদে মশানদি কদো।

ফরে' ইপাল তিল্হুই ঈযাম ঈরাউখোল্লোয় তন চেল
য়াকুই শরুক লাইজ ভয়াম লাইজ ঈপুং তন হেল।
চঙৈজ খোগল মালেম নৈমই শামাম্বীলক্তা
কচ্ছে জগোই ঈচোং তন তম ইমাই থুগাথাদা!

# একাদশ পত্রিকা

যুগশিংনা থম্বিরম্বা লাতমদা তারিবা
মাঙহনগন্থ জ্ঞানগী স্বর্গ ছৌ য়াইনা ফংদ্রবা !
চঙজো গুরুশিংদ ময়েক ওই হেন্নীবা,
তম্বীরকনি নশক্কক নথোাই ফংভম খোকপা।

তান্নু থঙবা জগৎ মশক—হংউ দর্শীশিংদা
তান্নু থঙবা ধর্ম মশক—হংউ জ্ঞানীশিংদা !
তান্নু থঙবা ঈশ্বর মশক—হংউ ভক্তশিংদা.
থন্নু গুরু মশক থঙনা—চংঙু জ্ঞানগী থোঙদা !

থরাল ঙাক্লি নথোয় থিবিক নশেক নঙান নৈবা
অসম নৈচিন অপঙ নোংকাই য়েংউ তাকথিনবা !
জ্ঞানগী মঙান্দনা থংঙু তাকথিনি লোইনবা—
কোরৌ মচাম লাক্লবদা তাকথিদরা 'মথা !

## আশীর্ব্বাদ

পাল্লি মপু তেংবানবসে তম্মু তন পাজবা.
থোজালগী মশক্তি মানি তম্মু তং থঙবা ।
তাঞ্জো নাপাক তেংবানবনা লুম্মি পুক্লৌং অহুম,
নোংজু নোংশা থোঙকম্নৌদা থোক্তি পাংগন অহুম ।

মাঙহনগনু কাম্নবসে তাক্ক মীশী মবা.
যেৎনক্ক কনামতগ তাদ গতাও 'তুম বা,
মমশিত্তনা কম্মিম্মনা পঁড়াড় ১ঙাড়বনি,
খড়প্রবনি মশাহ মশক লাম্ম্ ক্লবদনি ।

# দ্বাদশ পত্রিকা

লূনা হেন্না থম্মু হকচাং—অশেংফম্রি থঙ,
ঙুংস্ত পান্স অ'নী ভুনা শে'না থবা তম্মু।
কাম্মু গস্ত চিঙ্গাক পঙ্কাম—লূনা চাব' তম্মু,
মোংশিনগস্ত শাজৎ-ঙুংজৎ—শেংনা চৎপা তম্মু!

থম্মু হকচাং মতম থিবিক ঈশিং মনম নম্না,
শেংলু চরৈ মতম পূম্বা ঈশিং মনম চেন্ন'।
হেন্নাবনি মপু মানা শম্মু হকচাংঙংদা—
চঙজবনি প্রেমগী সেবা মপু মাগী কাদা!

হেনে লূমে ফুদোক্কনি মপুই মশেক মঙাল,
নোংমা নো'মই অস্তম অস্তম হেন্না হেন্না তুন ঙাল।
তাকথি স্নগ ইস্থংগী নোংকাই শেংলক্লো তিয়া স্নম
তুংইন তম্না কোরৌ মঙাল কায়ক্তম্না অহুম।

## আশীর্ব্বাদ

কাম্রে মোৎনে মকশিনগনি মপুই গভাল অস্থম,
লোইনি নস্তে মকশিনবনা মকখিগনি অতুম।
নৈচিম্রো·ফাইরক মমথি জগৎ অস্থম অস্থম
ভাচৈ কোমো কদোকনি মমথিদরা অতুম !

মস্রো মপুই মশেক মচাল শিদো থম্মোয মভাল,
শিরবদা থম্মোয মভাল মম্মি মমিৎ থোজাল !
মস্রো মমিৎ থোজাল মাগী চঁঙি হিংচা লীচৎ,
পোকই তম্রা লীচৎ মানা মীহিংচাগী শাজৎ।

চেম্রো শাজৎ মীহিংচাগী মাচৈজে পোকচরমল,
মাভলুই মথং লাংলোন্দস্থ অতুম পোকচরুমল।
থভবা তম্মু নশক মুম্রা থিয়ু "কনানো ঐ"
শোমরোই থঁঙ, অনীমকী তুনা চানি মহৈ !

লাঙ্কবনি থাপ্লা ভাম্রা লমতুপ কযা কযা,
চৎখিনিদো থাপ্লা ভাম্রা মুক্ষ্ম কযা কয'।
মৃত্রিফাওনি স্থমিথানা হৈত্রবদি থঁঙ,
হৈরগনা তেম্রি থোভফম—লম্মুক্লনি য়েংউ।

## ত্রয়োদশ পত্রিকা

চুংশিন্নুকো পাংলম পম্থো, তোকো নীবু লুনা—
ঙাংবনিকে পম্থো মানা কোইরোদগী থোইনা,
লুম্বনিকো পাংলম মানা মাংলমদগী হেন্না—
খুপ্লি চুংদা হেন্ন অমা—লৌগয়কো লায়না।

মমা মপা শকথঙদবা বচা ওই কনাগম,
ঙাল্লাই খঙ্, শকথঙলবা কৰি কপোইনুংগা
থেংবান ঐখোই চপী চপা—খোঞ্জানগী মশকতম,
ঈচেল মানা ঈশোঙ থঙদ পালেম কোয়বা মতম।

থঙলো মমা মপা নীবু অপোকপা অপোকপী
খঙ্জি তম্না লাউরি আগম পী পা 'নী অগৎকো।
থঙদরবা মখোয়নীবু মশা হকথেংনবা
থঙনি করম ভাবি মথা অদুক তাম্না লৈবা।

## আশীর্ব্বাদ

লৈবীনিদো শমথরবা শান্তিখুভমতাবা
শক্লে অস্তম অথণ্ড অহৈ অউবা লোইনবা
লৃশিং তুন' পলেম মানা মালেম ইমাদগী
বাংই তুনা পম্বো মান' কোম্বো ইপাদগী।

থৈড্ মশক পাম্বো মাগী—মিৎনা উবা লাইনি,
মপু মানা তৈযাম্পাম্বা তৈয়াম্বিবনি।
কৎলু ভক্তি মাগী কাদা শরায় চকচাং তুনা,
চানবিগনি মপু মানা পীনি মঙাল তম্বা!

থৈড্ মশক পলেম মাগী—জগৎপোকপীগক্লি,
তৈযাম্বগে তাইবংকোন্দা পোম্লাংবির্বিবনি!
কৎলু ভক্তি থম্মোয় শেংনা—তাইরমগনি থুৎ থাল
হক্সিনথিডৈ পোখাম্বগে থম্মুং শাউবা তন তাল।

খোঙফম্মৈডে পুনশিখোঙফম তালোয় মাঙদা তন থা,
পাউদম খুদিং থম্মোয় মপাউ তেংনা লোইনা তন থা,
কাউহু তম্মু নৌংসি'জবা খোজাল মাগী খোজাল
পুনশি মহাউ পীনম্বিবী শমু শেগা তন মাল!

## বিদায়

হুংশিপুক্কৈ চেংলৌ কয়া পাৱিমোম ভন সা
ভয়াম্নৈ পুনশি থোঙফম শমু মাঙদা ভন থা—
ভয়াম্নগে ভয়াম মান। কাউহ্নু শাম্নবনি,
কাউহ্নু শকপা ভয়াম মাই জৈ—পেম্নি, পেমবিগনি!

উজনীংউই ইমিৎসিনা উজবদি ফংদে,
থঙজনীংউই থম্মোয়সিনা থঙজবদি ঙংদে
ঙাম্না ঙাম্না হুংদা অহুম হেম্না হেম্না মিত্তা—
শক্কৈ হুনা সাধকশিংনা মপুই গুণ শকপদা!

মন্ত্রনিদো থঙু অসে কাউহ্নু কদৌহ্নংদা,
ঙাম্নি লম্বী মৈরা মতম অমম থোঙফমসিদা,
মানগনি চৈত মতম অতুক অতুকপদা—
লেম্নগনি পুনশি থোঙফম হৈংনা কোম্নায়মদা।

# চতুর্দশ পত্রিকা

মিংথৈ য়াম্বা মপু মানি—থল্, মিংথৈ অমা,
নথবায়না ভাজক্কব ফুংশিজবা অমা,
শকপা ভম্মু মপু মাই থৈজ য়াহৌ ভবা মতম
শিম্নৌ কাউন্থ মাগী কাদা নোংমই পুনশি থোঙফম

থোঙথাম্রিদৈ মালেম থৈদা ভম্মু কৎপা লাইবক,
"কোল্, ইমা নচা ঐবু" নিজৌ ভন কাউন্থ থক।
থুক্কমজো ভন্না নকোক নোল কোংয়ৌ মাগী কাদা
"শেল্, পম্বৌ নচা ঐবু" নিজৌ ভন মঙোম্দা !

থঙ্, মশক কোয়্নৌ মাগী—মিৎনা উব লাইনি—
নীংথিজবা মঙাল মাগী মপুই মশক্মক্রি !
মাগী মঙাম্না গর্ভ পী পোকপনি মালেম্না
মহৈ মরোং থৈবথিবিক, পোকপনি 'থোয় মানা !

## বিদায়

নিজো তম্না মাগী কাদা পুনশি লৌশিং পাঙ্গল
নশাগীস্থ নয়োয়গীস্ত মিংথৈ লোইনা তন পল!
"পুজ ভবা পুন'শথে,গাই পীনবা নহাক্না"
"পীনৌ" নিজো "জগৎপোকপা নদাই খোয়দা তম্না"

নীংশিংউ জগৎগুরুমা পাউ কাউহু মপাউমা
নত্রে নংনা খোয়দাজবা ধর্মই লাইরিক অমা—
মতেক্সস্তুং নোংমই থিস্তুং বাংলৈ মিৎকুপ শিস্তুং
চুথৎনবা জ্ঞানগী মৈরা থম্মোয়স্থংদা থিস্তুং!

তোন্দ তোনবা বাদ বাবা কাউহু মীওইমদ'
নোংমই মতেং থিস্তুং পীবা যুমদা থঙদে লমদা।
কাউহু হনবা জীবমদা চেঙ চাক মক্ষমস্তুং,
ঊশিং থিস্তুং হৈবা চাইবা হৈপাহৈপাম্নস্তুং।

কাউহু নংসে জগৎনিদো—জগৎ অসে নঙনি,
লেঙলি পাম্নি অপৃম্বসে মপু মাই শক্লোম্নি।
সাধম্নিদো মীওইবগী লায়না লুথম্ববা,
পোকচম্নমল পোকচক্নমল অনী পাম্ননবা।

নোংমই খোংগাইখোঙভম থৃদিং চৎলু খুরম য়ুম্নাই,
জগৎপোকপ পোকপীনীগী মশক্তিদো য়ুম্নাই ।
হক্তিল্লক্কে তম্মু নপাউ সি ওইবা সি তৌবা,
চানবিগনি পী পা নীনা—ঁং.ং'ন য়াইফবা !

চাবা থকপা পূথা লোইনা কৎলু ঈশ্বরদা,
কৎলু হাম্না মাগী কাদা ফি.জাম্না হোংবদা !
পীনবনি মহাক্কীনা ঐখোয়গীনা কৎপা,
কৎপদনি মাগী পূজা পোৎলম্না পীনবা !

কৎলু ভক্তি অস্তানবদা ভস্ত্রে ঈশ্বীক্ষত্তং
পারোল পুরোল নীংসিংতুনা নোংমগী অমুক্তং
তৌহ্নবনি ঐখোয় পিবিক মখোয় থ্বায়গী লম্মন,
চাম্নিবনি ঐখোয় থ্বায়সে মখোয়গী তৌরম্মন ।

ধর্ম্ম কর্ম্ম জ্ঞানগী থঙ্ ক্ষেত্রনিদো জগৎ
হিংবনিদো জগৎ অসে অহমসিনা পূন চৎ ।
শোঙমান্না অহমসিবু পুবা মীদো মীনি,
লাইগী থাক্তা শোয়রোই মহাক নোংমা কারগনি !

# পঞ্চদশ পত্রিকা

য়েরুবনি লন্দা নংবা মীদো মশাগীস্থ
মপা মচা মরোয় মনাও থ্‌বায় অপুৰগীস্থ ।
নত্তে ফদ য়েৰৈ মাদি জগৎপুৰগন্থ—
লম্লা পানবা জগৎনিদো—য়েংউ লনগী লমস্থ !

য়েংফদেদো লঙ্গী মোৎনা—য়েংউ লুনা শেংনা,
মোৎশিনগনি শোয়রোই নশা মোৎনা ভানবা লম্বা
মোৎলগনি চারোন শৃরোন চুহোত্থনা মোৎপা,
মোৎহোগনি মোৎথিগনি লোইনা জগৎ পুৰা !

কাঙলক্কনি পাপ্লা মরায় চায়থনি থর্দ্দনা,
নীংথিরবা মপুই খুৎশেম ওইনি মৈফম ভম্লা ।
লাংনি মৈশা মীপুম খুদিং—পালোই কনা জৈংনা,
লেল্লগনি মীগী জগৎ কপ্লা লাউনা বানা !

পায়ে ফংনি লৈতে লন্দো। পাগত্রে ফংলোই কদো—
ঐনা ঐনা ভাঙ্গরথা চাবদনি নৌহো !
য়ামগ্রে ঐনা চন্দন উ চম্রি চন্দন অহুম,
চমগ্রে শীংজা চরা ভম চম্রি চরাই অহুম !

তুরেলকাওশীং মতাম্র লন—তাউথরকপনি হুম,
লৈতে কদৌ পম্রি কাওশীং থোংথোং খুদিং অহুম,
পলো কদৌ চাংমাম্রনি লৈতে হুম অহুম,
তুরেল মাগী ইরৈ তুংইন থোক্রুবনি অহুম !

থোংথোংমদনা পল্লি য়াম অমুক্সদা থিক্তং,
পন্দে স্তকপল অগদনা থিক্তংদফাও মুক্তং।
লৈনি লৈতে পঙ্খিশিংদো চোঙবা লৈতে অহুম,
ইথিল অমা হেক লাকপদা তাউথথিনি অহুম !

তাউথথিবা কাওশীং অদো নক্তে হুম তাউথনি,
মতা থোক্রু থোংথোংমদা অমুক হুম পদুনি।
অমুক্স, হুম মতাউথনি—হুম কায়দ চথনি।
তুংদে লেঙদ মফমদা মাদি থোঙনাহবনি !

# বিদায়

পেনবা তম্মু অফংবনা লুনা শেংনা তানবা
কল্লক্তু কন্দোনোংদা মীনা য়াম্না ফংবা !
তম্মু হৈনা শীজিন্নবা ফংবা থরদুদ,
শীজিন্নবা মফম চানা পুনশিগী খোংভমদা !

নীংবা থুংদ্রে হন্দক্লদা বাৎলে নচাক নমল,
য়েংউ লম্বী তানশিন্নবা চয়েংংক্কী নরল !
খোক্লোই লুম্না কিন্নু খোগাই খোক্লোই বানা খোঙথাং,
চৎনি অহুম হান্নই মতম জ্ঞানগী মঙান্দং থাং !

তম্মু শরুক অরানংগী ওমজবা থজিক্কং
থাগম্বু নঙ্গী শরুক্তগী চেঙ মরু অমত্তং !
ভয়াম্পাম্বা মপু মানি থঁঙ্, মখোয় 'বানং,
শিংবিরনি শরুক চাম্বা ঙসি নঙ্গী চেঙ লঙ !

তম্মু শরুক মীওইবগী ওইরে থুজিংমত্তং,
কৎলু মফম মতম চানা তম্বা শিত্তংছুদং !
কৎপনিদো মপুই কাদা মানা পাম্বা পুজা,
শিংবিরনি শোয়রোই থঁঙ্ শরুক চাম্বা চাম্বা !

থাকপা তম্মু জীবশিগী চাবা চংখাম্মত্তুং,
থম্মগনি চথোমক্তনা কোঙ্গাযগদি থিন্তুং।
পেনবিগনি মপু মানা উট্টে নঙ্গী থোজাল,
পীনগনি থোজালহৈবা শক্তক চাম্মা থোজাল।

থাবা ক'উম্ম নখূৎমক্তা হৈপাল নৈপান থরা
তম্ম, "লাঙই ঈশ্বর নঙ্গী পূজাই পোৎলম থর'"।
নৈশাৎ তম্নে কাজো নৈরাং তাউজিং তম্নে তাউজিং
কংদ্রে বাম্ভ হৈরাং নৈরাং কচ্চো অত্তুম ঈশিং।

লাচ্চো পোৎলম অত্তুমক্তা জগৎপুবা লাইয়াম,
জগৎশেম্বা গুরুপারেং জগৎপোকপা পায়াম।
নাদ্রে কংলু অঙানবদা ঈশিং চৈবাম্মত্তুং
নীংশিংড্ডুনা মথোয় লোইনা নোংমগী অম্মুত্তং।

রাবে বানা হন্দক্ষিমা চৎলু নম্বী থঙনা,
থঙবিহৈবা মপু মানি চানবিগনি থঙনা।
তৌজরেম্মল হন্দক নঙনা ফংলুনি শক্তক চাম
পাম্মকনি মরাং কাযনা তৌরুগনি ওয়াম।

# বিদায়

নুপীগীনি জগৎঅসে—জগৎনিদো নুপী,
তুংনফম্বি নিপাওইবই ঙাম্নফম্বি নুপী !
ফম্নো নুপী ফৈদে নিপা ফত্রো ফত্তে অতম,
ঙংলো নুপী ঙংই নিপা, শাম্নো শাইদো অতুম !

অয়াম্বনা জগৎসিদ' চিংই মশাগীদ,
নিপা থঙদে নুপী থঙদে পাম্লি মশাগীদ !
হোম্লি চিদোম য়েংই লম্বী কোম্লি করম পুনশি,
লোইবে পাম্লো মথোয়দদি মশা কোম্না পুনশি !

থন্দে কদৌ মথোয়সিদি মীগীদমক বাথল
থম্মি তোঙাল জগৎপুম্বা লেপ্পি তম্না চৈ থল !
লাচ্চে নুংশি মশাদবু—থম্মে অশিংবনি।
মীগী য়েংনা চৎপশিংবু শীনৈ অপঙবনি !

সেবাধর্ম্ম চৎপা মীদি হোম্লি ঙন হি থাবক,
মদোম হোনবা বানা থোকই ওইক্ক হিনা থাবক।
য়্মাগত্রবদা পাম্নে মত্তং হিয়োয় খুৎমাম্নবা,
হিকাম্নে বাম হিগ্যম্নে লুই মদোমদ হোল্লবা !

# ষোড়শ পত্রিকা

য়েংশিল্লু নীংথিজনা য়ুম পাক্কণবা চৈংনা—
মৈফম্নিদে' সংসারসে চৈংথ্রবদা য়ুম্না ।
চোক্কী নুঙ্গী ফুরা দোলাল নত্তে য়ুম ভুশেংবা,
তালোয়নবী শুক্তাংনি মীগী য়ুম অশেংবা !

ওইবনিদো জগৎ অসে মপু মাই শক্তিনা,
ভাক্লবনি শক্তিসিদা মপু মানা হেন্না !
কৌনৈ হুনা শক্তি মাবু মগুণনা দক্ষিণা,
থডনৈ হুনা ফংনৈ লোইনা মাগী থোজান্দনা !

শকই হুনা ভক্তশিংনা শক্তিদগী মগুণ—
কৃষ্ণনীংবা ভক্তশিংনা শকই রাধাগী গুণ,—
বিষ্ণুনীংব ভক্তশিংনা শকহ রমাগী গুণ,
রামগী ভক্তশিংস্থ অহুমডাই শকই সীতাদই গুণ

ভালোয়নবী মনা ওইরবা মদোমগীদ পানবী,
মোংদম থীক্ল হিদোম হো·খি মশাগীদ হিংবী,
ৱাযদো চৎপা সেব'ধন্ক—পল্লী চৎপা সেবা—
ৱাযদো ভমদে হিংবা চেক্লা মশা নাম ভারবা !

পুন্ন, চেৎনা তালোয মাবু হুংশিবা লীপুন্না,
য়েংউ লূনা থম্মোয মাগী লৈংখিব নীতিনা ।
চিংউ মাবু লম্বী চুম্না ফজব শাজৎনা,
ফুদোকহল্ল তশে· মশক নশাগী নচাম্না !

থডোলো মশক তালোয মানা ইমানি মহাক্তি,
চৎলো তম্না ইমাই শাজং লোইবে দু ওইরদি ।
অঙ্গংবা মুমদা ঙ্গ·না পাল পুনশি থোগাই তন পাড
সিদস্ত আদস্থ পাম্নি ঙ্গংন· শাস্তিনি লা· ।

# সপ্তদশ পত্রিকা

তম্রে লৈশাং লাকচ লৈরোই কেল্লি অত্তম লৈরাং,
তম্রে তাউজিং চাকচ হৈরোই কম্মি অতম হৈরাং।
সুগ থুংদিং লাকখি কয়া চনখি লোইনা অত্তম,
হেল্লী কয়া চসি মাংলম—তাক্লগনি অত্তম!

য়াম্লে ফনা কোপ্লৌ মশীং ইপানা উরকপ
লাক্লে ফনা শাং ফনা তাম য়াম্লে নোংজু জুম্ব।
লাক্লগনি জুংশিরোয়সা ইপাই চৎপা মতম,
চৎলরগনি নোংমা তুমিন পিদনা বাখৈরম।

বাক্লগন্ত ছবু নথোয় ইপাই জুংশিরোয়শা—
শক্রুই ইশৈ অমনীদং ইংগাই সনামাচদা,
চনখি ইপা য়াইখ্রী য়াইফ ইগাই খোগলশীংদা
তাম্রবনি ইশৈ কময়োমতমগী লাকোন্দা।

উরম্রোই থঙি ইশক লুগী তোংগী হক্তা
উনি হৃবু উনিংলব ইশৈ ময়েক্তুদা
কোক্লবগুম লাইজ ঈথো যক্লগী ঈশিংনা
কোক্লনি উনিংবা ঈথো ঈশৈ ময়েক্তুনা।

নৈতে কবি তম্নম্নিঙাই নখোযগী ইপানা—
শক্ত ইশৈ নাত্রা মবুক য়েংদে লৈমেগনা।
হাপ্তে খুত্তা খুজিং অমা পোইনা হেম্না পুক্তই
থনবনম্না নংলসম্ন থঙপে ব্রাদোবদই !

নৈজবা হায়বু ইপাগী ময়েক থিংসিদনি,
থঙদে কাম্ননি কাম্নরোই তুগদি তেগগুবনি।
লোঁ ইপানা নৈত্ত নৈত্ত ঙসি তম্নম্নিবা
ইশৈ ময়েক থিক্তুংসিদং বান' তানথম্নবা !

# অষ্টাদশ পত্রিকা

কল্লি থম্মোয় মতগ মাদি মাঙহনবদ থংই
তাকই লোইনা ১'গী থুক্তা সর্বংহর কৌই ।
কল্লে কম্ম থুপ্লি তুবু তুংদা থোক্তাদ ঈরোক
থুপচবস্তুম নুঙ্গায়বক্তা নুংলোইজঈরোক !

সেবাধর্ম্মী সকাদদি নৌজৈ থম্মোয় মতগ,
পীনৈ মিংথোল বালঙ্গয় থুম্মি মশাই শক্তগ ।
চল্লি লাদা মতগ মাগী সেবাধর্ম্মী থিবিক,
শর্কপি মগুণ লোনৈ তম্না মশাই য়াওনা থিবিক !

চৎলে চৎনা লৈদো অস্নম সেবাধর্ম্মী শিংদি—
স্বর্গ মর্ত্ত্য অনী তুনা পাল্লি ফুম মথোয়দি ।
লাইরেম্নেন্দা চৎলে চৎনা তারৈ ফুগ মীরম্নেল,
মীরম্নেন্দা লাক্লে লাক্লা তিল্লি ফুম লাইরেম্নেল !

চৎপা তম্মু সেবাধর্ম্ম চুংশিরোয় খিবিম্মক,
তাল্লু জ্ঞান থঙ, কর্ম্মই শক চৎলু ভক্তি তম্মক !
থঙবা তম্মু ধর্ম্মই মশক ওইমু পুণ্যকর্ম্মা,
চানবিগনি মপু মানা ওই'ন ক্ষণজন্মা !

পুনশিকোরোনা যাচখি মতম্মা খিস্ত ডায়,
পুনশিগী অয়োহব পূজা কৎলম্মগে হমাই
লাউঙ্গি থুক্পা থম্মোইংদা পূজাই পোৎলম থম্মা
হায়প হায়প থোংখাং থুদিং কিক্ক নংহোৎরোইদ্রা

থেংনে তুনা চুংশিরোযশা কোইশিল্লসি সিদ —
হপাগী বিদায় আশীর্ব্বাদ লৌরো মতাংসিদা !
শক্কক্লজৌ য়াইফবদ পুনশিথোঙভম থুদিং,
পুরক্লমু মতম মানা য়াইফ য়াওল থু'দং।

সর্ব্বমঙ্গলম্,
সর্ব্বকুশলম্ ।

ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ

আশীর্ব্বাদ

যা দেবী

সর্ব্বভূতেষু

শান্তিরূপেণ সংস্থিতা

নমস্তস্যৈ

নমস্তস্যৈ

নমস্তস্যৈ

নমো

নমঃ

---